# বাভমগী কুরুক্ষেত্রদা রিশ্বরূপ দর্শন



বিজ্ঞানেশ্বর বাংখেম

## মরুং ওইবা পাত্র

মপা — কালঞ্জয় — চহি ৬৫ ধনবীর — চহি ১৯

গোপেন — চহি ৩৭

গৌরঙ্গ — চহি ৩৪

লিলাইবা — চহি ৪৩

লোয়নবা মপামচা থরা, নীচৈ পায়বা ২, নুপা থরা

মপী — কবিতা — চহি ৪১

বনিতা — চহি ৪২

মদিরা — চহি ২১

রতী — চহি ৩৬

মকম — লম্বী অমদি মতুংগী তায়নরিবা মকমশিং

# ১/১

( লম্বীগী চিদাইদা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরি। শোরেন অপ্নবীগী শকুম লৌরিবা চকু অনি লম্বীদগী নকপ: চেল্লিবা তুরেলগী তোর্বান্দা খিন্নবা লৈবত্ন উই। মপুংদগী বা ভাংলক্কই, চকু অনি অমদি খোংনাংনা বা ভাংলকপা মায়বা **focussed light** না মতাং চানা কাপশিনগনি )

অপ্নবী — তা' শোরেন, তুমিন্না পাংলৈদা লৈনবসিবু থুংডাইবরা করিনো? বারী খরত্ন শায়সি কৈদৌগে?

শোরেন — ইবেম্মা অপ্নবী,, মতমসিদ' উরিবা তারিবা খল্লক্লিবা অথা অয়াক কয়াসি খুং পেল্লে পুন্নমক্কুগী মরমদ, নৈনকরগা বা ভাংনিংঙবদি লায়রদনা শে'র ফাওবা কয়া হে'ননিংদ্রেনে।

পুপু খোংনাং — ইগুশা, চহি কয়া পুনশিরক্লব পুপুত্ন লেপ্তনা য়েংলি-বনিনে তাইবংগী কুম্মৈ কয়াসে - ফিজং মরুমদা শঙ্গরিবা লিলা, হোৎলক্লিবা সমাজসিগী য়েংহৈদ্রবা শকুম কয়া কয়া।

শোরেন — পুকচেল তপ্রবী চিমপা খপুর তুরেলসিত্ন ওসিদি তাইবংগী শোকচিল্লব ফিবম কয়াসি উবদ পেন্দবৈ মুংশাশোর হোন্দুনা খোংনা লাওনা চেল্লক্লে। পুপু, কয়াম কুইনা য়েংশিসিগে ঘোর কলিগী থোক লিলা করাসিবো?

পুপু — হায়, ইগুশা য়েংথিসিনে। ইকুই কুইদনা থোকখিবা থৌদোক বাথোক খরগী পাওদম নখোয়দা তমগে। ত শিল্লু, খওজিল্লু, খম্মোয়দা করি ইথিল কাওরকপগে য়েংউ। ( মৈ ভানখৎলকই )

( মদিরানা **table** মচা অমগ মোড়া অমগা পুঁথোরকই, খোংনাং-

খোঙ মনাক্তা থমই, মমা বনিতান'মিঠাই হাপ্পা পাত্র, কা তপ্পদা চঙবা মচাক তুনা পুখোরকই. কা য়োম্মনবা শেম শারকই মোড়াদা কমহনা )

মদিরা — ইমা, ঐ চঙপ্রগেকো, পুং তাশিল্লবএ. ঐনা হায়বদো লোয়না তৌরকদবনি খঙজো।

বনিতা — হোয়বে হোয়নে অংবুদি ঐনা লোয়না ফনবা শিল্লকে, খল্লা হৈশিংনদি হোৎনৌকো। মিৎকুপ নাতম য়েংউ, গার্ড তারিবা ওজাশিংহনা ' মপানগী মীওই য়েংশিনবা লাক্লে, ছাত্র ছাত্রীশা। পোৎ-চৈ লোয়শিল্লো' হায়রকপদা ফং ফং হেক্তা লোৎশিনবা, করিমত্তা হৈজদবা শারগা মিথল নো'মেলদা লৈরগা পরেং অম'নি তোক ইশিন্নবকাদো হৈরবা নত্তে। ?

মদিরা — ই ইস, অসিবু ঐতোম্দা হৌজিক্তা তেকপিরকইনে। নচা-হুপী ঐসে চহি তরা চঙলবপদগী নোট তৌবা, চহি :২ গুরবপদে হুপাগা হুংশিনবা হৈরক্লবীনে।

বনিতা — মসি অঙাংসিমা মতোম্দা বা অমত্তং হৈক হায়ক্লবদা থবং থবং হেক্তা ককথৎলকপা। চৎলো চৎলো, কাম্নদে সিদা হুম লৈরগা, কোইশন হুদি পুং হেক তাখিবগা অহুম থাইদা কংতদোনিনা করিম্ব বানিংঙাই লৈতে।

মদিরা — হোরেন ইরকপদনে থুৎতো খল্লা কজনা ইবিল্ল হায়য়ুকো। পা' খোক্তদনা ম্লাম বায়। ঐ চৎলে ( চৎখি )

বনিতা —ইশ্বর থুক্লমহনা নিংখিজনা হোৎনৌ। ঈশ্বর ইবুংতো, তসিদদি মপানগী ফাবা লাকপা মীওইশিংহ লাকইনবিহ্নবা।

( মতমসিদা লীচৈ পায়বা থাকী শেৎপা অনি লাকই, তিল পুথম অমা পাররকই )

বনিতা — আ কা তৌবিগদরা ?

লীচৈ ১ — হৌজিক মহুৎ দরকার থোয়না কৈ ত্রি। ঙসিদি মহৌশাগী মতৌদগা মাচ্চরোই। চিমপাক্সিপুরগী অনৌবা নিংথৌ অমা শিল্লবনিনা মল্লবা চংনবা, মতম কুইনা সমাজদা কাককৈগুম নপুনা লৈরম্ববা শেঙা-থুমজা মীওৎ-মীনৈ কয়াদো লোইশিনহনগনি। ঐখোয় কা মতপ অমনা চিন পৈররোই।

লীচৈ ২ — অচুম্বনি, ঙসিগী চিমপাক্সিপুর অহৌবী পথ পুমথরবা লমদমহু নত্তে। খোংদোল্লিংবা পুক্লিংগী বা নিংতম্বা কোংদোকপা য়াদ্রে। চৎনবীনা, লৈতাক-পথাপনা অখিংবা পিদ্রে। নিং-তহগী লুপাইবা কালে। মতম কুইনা খিংবা ঙমখিহনবা সমাজগী পান, ঙসিদি লিংজেল মাচ্চরবা মীয়ামগী অপুনবা পাঙ্গলনা ইথায় লায়না খিংবা ওন্নে। অমুক হন্না নিংখায়ররোই।

বনিতা — তাংইব ময়ামদুবু ঐখোয়না থাজনি হায়তনা হাংবিরিব্রো ? নিংথৌ কনা চংগে, অহুম্না ইচং থৌন মথৌ পোতনা লাওরম্বগা। কামদে, তাং তৌনতমসি ঐখোয়সু য়ম্না শিংতপোংনি। শোয়নায়রবা লৈতাকলোননা ঐখোয়বু নিংখিজনা ফজ লৌশিংদা চংখোনহল্লে। লৈ-হনা তানদো শক্তক চন্দক্সি কা মতপ অমনা য়ায়রোই, পুরক্লিবা পুখমসিদা খরা অতক থাদবিয়ু হায়নরগা লোয়রেদনা।

লীচৈ ১— এ! মানগা হেন্না থৎবগা শাক্সিল্লকএনে।
মসি......মসি........য়েংউ, পায়রিবা চৈক্লুপশিংসে অরেমবদা পারবা নত্তে। ঐখোয় নহায়বু ফু চনবা পার্মিসন কংনবনি। ওহু ক্লা বানা অতম্বা লিরে মরুগা ফংজরকইপোংনি, ভান তাও।

লীচৈ ২ — ঐখোয়বু উশিং ওইদবা য়ারোই। নপুক্সিগী মিকুপ

থুদিং ঐখোয়গী দরকার শম-মুক কুংনা লৈবনি কাওগনু বাসে খজিস্তা হায়বদা খন্তনসিকো। (মতমসিদা কাংশি য়ৈরকপগী মখোল তারকই)

বনিতা — পুলিদা অকা-অকুম কয়া লাকপা হায়সিদি শোয়ত্রবনি। চৈতুপ পায়বগীসু চৈতুপ হন্দোক্লম্নগা ধর্মগী লাইরিক পাহনা লৈরকপা য়াবা মতম লাকখিংগনি কাওনরমাল্লে চিম্পাক্তিপুরগী মীশিংদে।

লীচৈ ১ — মতমদু য়োরগা মরাইনা জান তাজরকনি। হৌজিক্তি মতম ফরি, শক্তি খুত্তা শিন্নরি, ফিরাল মমাই চুম্নি, কন্নাবুসু ঐখোয়না উরুবা তমদুত্রি, মিৎসে **Straight line** দা য়েংতগা চৎচরিএ। তুংগীদমক ঐখোয়না মীপায়কবা তমত্রি।

লীচৈ ২ — কনবু নেংক্লিংবা বানি। ঐখোয়দি পল্লেপকম খন্তব্রবা তুংগীদমক করিমতসু খোশাবিক্লজ্রে। হায়নবদায়নে প্রলয় হায়গদ থুংনা লাম্বা ফংদোরে মতম খিত্তং লৈরিতৈসিদা থরা মুংগাই খোকহৌবসিবু কল্লকপা কাংবু খরনা য়ৈথায়গে হোৎনরকপা শাল্লিনে। (মতমসিদা গৌরাঙ্গ কৌব' মুপা অমা লাকই, বনি তানা মোড়াদা কমহল্লি। কোইশন অমা য়েংতগা চেংদা অন্দর ইনবা হোৎনি)

লীচৈ ১ — হায় করিনো নত্তনা তৌরিবদো' কদায়দৈ কোইশল্লো পুরকইদুনা ? নত্তে, নতবু ননা তাদরো, উপু অখোংবীদা, পাও-চেদা লাওখোকখিগা ময়ামদো ? মকমসি ফুট ৫৬'৪ শাংবা লৈইনা কোইশিনত্রবনি, মী ৪ ফানা তিনবা য়াদে।

লীচৈ ২ — মুপা ! নত নিংথৌগী চৈরাক কিদবরা ? নতবু ফাগনি-পুনগনি হায়বৈ অকিবা অমতা লৈতবরো ?

গৌরাঙ্গ — কন্নাইবশিং, অতৈনখা মতমগী মনুংদা পানখিবা নিংথৌ

কয়াগী শাসন মথাদা হিংজরক্লবা ঐখোয়নি। উপু তখে'ংবীদা লাওবা কয়া ঈশিংদা থাও য়ানবগা মাল্লপ্রবদা ঐখোয় তুমিন লৈবা ওম্লক্লে। ঐখোয়মু হিংবা তাই করিগুম্বা উপাই অমা হিংনবগীদমক থিল্লনা।

( মতমসিদা বনিতা চৈ পাংয়বদগী পুখম মুল্লি )

বনিতা — ওসাইনা ইখুত্তা মসি শিল্লরকপা য়াগে? মসে যাইদা থমশি। ( লম্বী ময়াইদা থম্মি ) অচৎ অওক থদিংনা অয়াও অল্লাওব' খরা থাদরমজনি। ঐগীদি ৫০ চৎপী সিদ' থাদরগে ( শেল পুংখা তুনা পুখমদা থাদৈ ) ইবুংঙো ( গৌরাঙ্গদা ) নংগী ইদোবা ইমু। মহোয়-সিদি ঐনা ওাংনগে য়ানি। ( গৌরাঙ্গ ইখি )

লৈচ ১ — করিনো তৌরিবদো? মচু য়াররোই, মহগী মতম হেল্লে।

বনিতা — করিনো অমুক অদু অদা হায়রকইসিনা? ঘোর কলিদা মনা অপাকপা পামদবা অঙাওবা নহোয় করি লমদৈনো? তশেংনা পামত্রিবরা নত্রগা পামশিল্লত্রিবরা। স্লেট খরা বাংখৎ-খো হাংবিজাংলো?

লৈচ ১ — ঐখোয় ওইদ শাজৎ চৎপা কিরে। প্রকৃতিগী মওং কায়-রকইবসি অমুক্তা য়েংংলো নাহাযসু।

বনিতা—অহুদি করিগীনো নংগোয়না পুখমসি পুরক্লিবা? করি তৌনবনো?

লৈচ ২ —মসিদি .......আ..... সুম তৌব..... শিংজ হাপ্লগে পুরকপা।

বনিতা — শিংজু লৈবদা দরকার ওইবা দক্ষিনাহনি ঐখোয়না তৌ-রিবসে। হয়াও হয়াও সৌশিল্ল। ইচামুপীগী অফবা তানথৎলকপদা য়ৈখায়গদু পাপ পুজনি।

লৈচ ১ — করমনো তৌদো লিলাসিদে।

লৈচ ২ — 'সিনে, মহোয়না নমদুনা হেক্তা লম্বোইহনবল্লে। হোয়েন

ঊপু অথোংবীদদি খরা নিংখিজনা লাওথোকইন্দবা য়াদে। মদুগীদমক শেম শাহৌদবদি য়াদ।

লীচৈ ১ — তায়খোদা ফিবম অমা য়েংখিসি। শিন্থু শিনবা চৈতন্থু তেক্তনবা তৌসি। ফুট ৫৬'৪ গী লৈই চিংউবগী মমল লৈহন্দবনু য়াবা নত্তে। (মতমসিদা মদিরা অমুক লাকই)

মদিরা — তা' গৌরাঙ্গ, করি করি ইবিরগে? কাককম অমত্তা খওদবদৈ তাওহনা চেংজোরকঅবা। (মবুক্তা য়েপ্পদ্বা Guide Book পুথোক্না পিশিল্লি)

গৌরাঙ্গ — নিংখিনা নেন্তানা ইগে তৌবদ' আর্গুমেন্ট খরা তৌনবদৈ তপথরিবনি। গাইড বুক্তা য়াওদবা অপরা ১/২ ঐ ইবা লোয়-শিল্লকগে। নওঙ্গীসিদগু অমুক য়াম্বা য়াওরিসিদ (ফাক্তনা য়েংলগ) অহানবা অমদি অনিশুবা বাহংগী পাওথুমদি লৈরে (লাইরিক্তা থোংচনবি) 'সি হন্না শিল্লখোসে (লাইরিক পিথি য়ান্না থুনা নহোর ইমা অমুক পিইল্লগেদা।

বনিতা— 'সিদা লৈরিব' নহোর তামো অনি'সনা অমুক্তাইবা মগ্নুম মরাং হৌজ্রে। পুখমদা কৈনোমা থম্বদৈ লাংদা শুরবা শজি ওনখ্রিবনি থঃথেদনা।

মদিরা — ওকু? কৈকায় তাওশীন্নরীনো শওদে। (শাওবৈ মওং উৎলী)

লীচৈ ১ — ঐথোয় কৈম্থু থোংদোকপা তৌখিদেদা মেম্মা। ইনেম পোন্না অলংকার খরা হাপচিল্লগা বর্নন তৌখিবত্তনী।

লীচৈ ২ — শাওবা শাবসিনবু হেন্না পকচরেনে। শকনা খরা খীরদি কথা, নওঙ্গী মায়থোং উক্লবদা শজিবু ওলাবনা কল্লচরে, চিনি

চমপ্রানা মিহৌজরে ঐ মঙাইরে হায়দনা নাপন তৌজরম্বা অমাং মরিনিগী খাজহুসু ইকায়রমায়ে লৈ'চন্নক্তা লোংখ্রে।

বনিতা — মতমগা চুনম্‌বা মু'শি বাবীদো হোরেন কোমা শানরো। প্রপ প্রপ চংগ্রা কৈদৌবগে ?

মদিরা — কৈনো খঙদে, ঐ হেক উবদা নহা খঙদে হন্নবা খঙদে, প্রমান অমা হেক্তা কাপ্লিং মারে। ( লাইরিক যেপশিল্লগা চংখি )

লীচৈ ১ মন্ত্রনা শুমহৎৎবা মীওইগা চপ হেক মাংদা। খে মথ্নম্নরবা বাঙা', নিংখিজবা শকক্ম, অস...... ঐ মথা তাবা ঙমদ্রে ইনেমপোক, দক্ষিনা হন্দোকচরগে।

লীচৈ ২ — হোয়নে, দক্ষিনাগা অমত্তা পাম্বকতবা মতমছু যৌগ্র। মতমসিদা মাইক্রোফোনগা চানবা খোঞ্জেস তাবসিদি খম্মোয়গসি ইনৌ নৌইদা।

গৌরাঙ্গ — মুংঙাই, য়ামা মুংঙাই। ঙাংনরিবা বাশিংসি অথ' লোয়না চেল্লি। খম্মোয় অমা পাল্লি হায়দনা ইনশাগী condition য়েংদনা লৈজবী থাহনা ঙাংনরেনা তাইবং মীশিংসিদে।

বনিতা — মুপাগীদি ইকায় খংজদি য়াম্না কারৈ অহনিনি ংবুংঙো।

গৌরাঙ্গ — ইচে, সিদং হাম্না পিশিনবিরুখো। ঐ লাইরিক অমা অমুক্তা লৌথোকউখিগে। ( চে খর পিখি )

বনিতা — ( চে লৌশিল্লগা ) ইথুংঙো, 'সি মানা পা' থোকুবগাদি য়াওররোইকো ?

গৌরাঙ্গ — য়াওররোই, য়াম্না ময়েক শেংনা ইরবনি। ( চংখ্রে ) ( বনিতা পোৎ কাবক কাবক লোয়শিল্লমগা চংখি )

লীচৈ ১ —ঐখোয় অহম্না হৌদোংনা ঙা চাবা য়েংহনা অম্বম লৈখিসিরা ?

লীচৈ ২ — ঙায়খোদা, মতম লাকখিনিদা, মতাং চাবা পাবার হুদোকপা য়াবা মতম লাকখিনি।

লীচৈ ১ — উপু অখোংবীদা লাওখোকপা য়াবা মতিক চাবা থবক ইত্তৌ তৌত্রি।

লীচৈ ২ — লাকএ লাকএ, মঙোন্দা হায়রা হেক্তা এক্কান লৌথংপা হৌরসি।

(হুপামচা অমা লাকই)

লীচৈ ১ — হায় ঙায়খো। বা খরা ঙাংনখিসি।

হুপামচা (প্রথম উবদা) তৌরিসিদি করিনো? অতাক অকোংনরেনা তৌনরিসিদে। অসিনস্থ ফৈদা, অপং অশিং লোয়না থংনরবা বাকমসিদা অমুক লোম্না থুপ্পা তৌরুবগী করিবু কান্নখিনি? চিস্পাঞ্জিপুরগী লোয়শংশিংদস্থ অসিগুম্বা থৌনংসি হৌদোকপা কান্নরনি। হুকান্দা চেং হরাই, অংলুগী মনল পেৎ খেত্তুনা থবক্কুম্না লোয়শংগী তেবল তেবলদস্থ অরামল কয়া কয়ানো খেত্তোকপা চুম্লে। অদু ওইরদি বা য়াম্নদনা।

লীচৈ ২ — হে, বাচোয় ঙাংগনু। ঐখোয়না হংবদা অশেংবদা থুম্মু। কৈদোবগীনো নঙনা চঙবা য়াদে হায়রিবা মফমসিদা চঙঙ্গরিবসে? নিয়ম চুম্না পরিক্ষা থানরিবসিদা করি অপনবা পিগে হায়দনা হোৎনকরিনো? অথিংবা হুকুম লৈ খঙদবরো? নঙ থাইসগী মী নত্তবরা?

হুপামচা — পরিক্ষা থাবা ছাত্রদা নোট-চে পিশিনবা চঙলুবা নত্তে। ঐদি চুম্না ইমান্নবৈ মচন্নহুপী থিনবা লাকপনি।

লীচৈ ১ — মচিন কয়া থিন্নিনোসে? মসি তোক হেক খোমদৎকনিকো। নথুৎ থাংগৎলু মথুৎ থাংগৎহল্লগা চেক তৌই, কানবা ফংদে)

ঝুপামচা — ইশাদগী করি ফংবিরবগে ? ঐগুম্বা থরদা অমুম্বা বগল লৌথংকাদৌ শরুকপুদি ( মথুং থিল্লগা ) তৌনরিবা ময়ামসে অমুক্তা লেপহন্নবা ভানথাইবিরু ।

লাইচৈ ২ — নঙনা ঐখোয়দা করি নখৌ লৈহনা ওর্দর তৌরিনো ?

ঝুপামচা— ( চৈ-না ফুবি ) ফু. নখোয় পেরা ফু । য়েংউ য়েংউদা অপেনবা অমত্তা পাক্তুবা মওমাসিদা নহাক্তুম্বা থরগী চৈক থাদুনা শিবা ভায়বা ওইনা হিংখিগে ।

লাইচৈ ১ — ফুরে হায়রদ নিংখিজনা লাগরে মতুং মনাও তৌজররোই হায়রব বং লৈতে

ঝুপামচা — করগী ? করিদা ঐনা লাল্লে হায়জগদোরিবা ? থম্মিবা পুথনসিদা থাররমনা ঐগী মনা অপাকপন্থ লৈতে, অসিথক্তনি ঐগী হর্গল । মসিনা ইংগাইনা **freedom without which the existence of mankind in the universe has no meaning and value at all** হায়বন্থ কংবগী থংডাইবা হায়বন্থদে ?

লাইচৈ ১ — করি ? মংবা যাম্লাইডাংনিংখিম্রা ( কল্লা কুবি )

ঝুপামচা — অন্থনি শিংখাওদা ফুখো । ঐগুম্বা থরা লৈবনা নহোয়গী বাকোং বাই চিংহনবনি । অন্থবু অসিমদি থংজিনহৌ, মীনা মীবু ওংপগী নরা তাশিনহবা সমাজগী চংনরোলনা, অকনবা নহোম্মনা আশংনবা কয়াবু তনথিনা ওংপা য়ানবা অযাবা পিরি । অন্থম ওইনক অকনংশিংবু য়ারক্তবা **almighty** ওইবা অমদি লৈরি বাওগম্থ । মহাক্তনা য়ারক্তকপা কান্দা নহোম্ম কমাশ শিগনি । লিন্ননা মথুন চংলম্মদাইদা চুম্বগুম মতম হেনজিনম্রবা মতমদা শোয়দনা তচুম্বা লম্বেল অন্নথক থিনরবখিনি ।

লাঁচৈ ১ — **He is hard to cry.** অদুবু ঐখোয়গী অনিংবদি পাং-
থোক্লবা য়াদে।

লাঁচৈ ২ — মান' চেয়রোল খরা লোপ্তবসিনা ঐখোয়দ করি অকায়বা
পিব ঙম্লগে? মথংখোক মথাংখোক পংথাং ঙাইরিবনি। হে
অপাওব! নঙ পরিক্ষাদা করি ডিবিজনদা পাস তৌগেনে?

লুংথা ১ — ঙসি ফাওবদ ফাষ্ট' ডিবিজনদা পাস তৌরন লাক্লি। অদুন
তানশিনবদা চোকথবা নাইদে। অদুবু মালেমদ হিংগবা
চোকথরবা পুন্সি কয়াগী নাংদ থোক্লেল ভাক্লরগা ঐ গুক্লরে লম্বী
অনিদ। অদুকসু আশা তৌরুই. ঘোর কলিগী মশিং শীব য়া বা
খুমিংশিংসি লেয়ত্রগা থেংনদি সত্য যুগবা চত্লনবা থাদং
উরক্লনি। অদুক্তা চিংনরকই, ল তনি শোয়ররোই মালেমসু উংকো
মপৈ ওলইনবা ঙম্বা অকনবা প্রলয়। খঙহৌদনা শোন্দোক্লুই
প্রলয় হায়বসু কয় ম বাং লগে?

লাঁচৈ ১ — করিগী না নংনা প্রলয় বৌকারিদ? অদুওবা নঙতা
শিজখো, অশিংবা ঐখোয় খুয়া তুশিংনা পালহৌখগে। নঙ
য়াররোই. চংলু, লোয়শং ঙাম্না পুরগ। (ফরগা পুবিথি,
পুখমসু পুপ্লে. ভাইশাক্লুং ক রগা বানতা লাকই)

বনিতা — (কপ্পা লাওই) — করিনো তৌবিরিবে? মাদি কালগী
ইরাং করিনত্তা য়াওজদবনে। করি মরাল লৈদনা পুবিরিবনো?

লাঁচৈ ১ — (মরংদগী) সুপী অঙাংনা খঙবা য়াবা নত্তে।

বনিতা—করিগী খঙবা য়ারোইদৌরিবা? নহোয় কাদি থরা হেনমল্লেকো
মাম! সোমদা অমুক্তা লাকপিয়ো. হৈ পায়ব অনিহনা ববি
ভাগী মচাদুপাদু পুব্লিছে!

কালজয় — ( থংনা লাকই ) করি হায়বা ? করিছ তৌজদবা অঙাংগুবু করিগী পুবিশ্রিবা ? লাংলিবা খেন্নিবা কয়াসিবুদি উশিন্দা লৈখোক্লগা, খিঙেল তায়ন ঙমগা নাশিখোংদা তায়নরেনা করিবো ? খিঙেলদস্থু নাশিখোংদস্থু তায়ন ঙমদ্র কয়াসিনা কম'দা তবা. উ আচৌবা অমদা লাইনকসি দং দং তুজিল্লগা লৈবু হায়রো ?

———

# ১/২

১তম — অয়ুক

( ববিতা শাংলেনী পন খোরকই ) ইমাগী ইবুংঙো, নঙবু হল্লকহৌরে'হৌরব্রা ? ইমা বারে, ইনা অঙাওবী ওল্লে। নঙবু হল্লকও 'কদৌবগা ? হং, নঙদি শরবনি. শিরবা মীনবু অমুক হল্লকপা হৌনবরা'ন ? চুপ্পা. এগী ইচা শিল্লেকো. চুরেল তোর্ববান্দা চংশা কংবঙুদি মংতা শিজবনি হায়বিখি। বাকৎচেপিক্কবদনা শাম্মু কশিং পেনা খোংবৈ থোদো তাবদো। অচুদি অমুক তমথীবা তাংবংসিদা ঐনা করিগী মথা তানা হিংখিগদৌরিবা ? ইমাগী ইবুংঙো. ইমাবুস্থু পৌররো লাকও। (খোংনাংদা) পুপু খোংনাং নঙদি কৈ'দৌদনা লৈহৌই হা ? নঙগী মনাক্তা থোকখিবা থোদোক কয়া উনা উনা উশিংকবরো ? নঙস্থু হন্থ-থ দা চিরোল তৌবা য়া ওব্বরো ? খঙতে, ঐগী মী অমত্তা লৈতে। ঐদি অঙাওবীনি. অঙাওবীগীবু মী লৈবা হৌনবরো ? কারদে, ঐস্থ মংঙাইথোকপা ভয়গে। ইচাস্থ ইচাগী থোকপা, ঐস্থ ঐগী

(লৌচৈ পাম্বা অনি থুংলরে কবিতানা মফুরিং চিংডুই)

নহোৎনা নত্রা ঐগী ইচাবু পুবিথিবা, পুরকউ হজিকমক ঐগী ইচাদো, নত্রবদি নথঙাৎ শেক্তংচনি।

লৌচৈ ১ — হায় থাদোকউনে নঙগী নচা শিরগা ঐখোয়দা ভায়নরি কৈনো? মী ঐখোয়দি লৈবাক পথাপকী frame work মঙ্গং চনা ইথৌ তৌজবগুনি। নচানা মথঙ্গা শিজরমলগা ঐখোয়দা তায়নরি করিগনো? (অঙাওবী হন্দোরকই, গোপেন থোরকই)

গোপেন — ইচে ঙসিদি মহৌশাগী মতৌগা মান্না য়াদ্রে। থরা চিংলেম্মা লৈবিয়ু। ইচেগী অবাবা ঐখোয় খঙঙি কেদৌরগে। ঐখোয়সু হোৎনদ্রা নত্তে, নহানসু ইচেগীদমক্তা ঐখোয়না লৈবাক নিংথৌ চিম্পাম্প্রিপুর নরেশ পুবাংচাই হুয় ঊজরবনি। অচুম্বা বায়েল তৌবিয়ু হায়দুনা বাকৎ চে পিশিনজরুই নিংথৌনা নোকফেৎ তৌরগা মঙক হাইরকই, মচগী অথ য়াম্না লৈত্রপোৎনি শোয়দনা থাসিগী মঙ্গংদা অফবা ফল লাক্কনি, মতম খজিক্কংদি ঙায়খিসি।

কবিতা — ঐবু নহোয়না নিংশিংবিরকপসি ভোৎ থাদরমদাইদা ওইনা তৌই।

গোপেন — অচুই বা নত্তেদা ইচে। ইচেন্ন লমসিগী মীওই অমদি ওইরিবনিনা খ্বাইনা তৌনরীবসি খরদি য়াওবা চুম্বা। অচুগী হায়জবনিদা।

লৌচৈ ২ — হন্দক্তি মমাংদা অমুক্তা থোকখিত্রিবা মওংদা মীশিংনা হায়নবা লৈতনা মশাগী অধিকার মশক থঙনা অচুম্বা মওঙ্গা মীতৎ থনবগী ভোৎ থাদনবা অসিদা শরুক য়াগনি হায়বৈ থাজবা দৈ। লাকও, ঙাইহাক্তং চথোকউথিসি।

বনিতা — ( কেনা লাকই ) — ইবুংঙো য়ৌরকএদনা, কবিতাসু লৈরগে । অহুনি লৈবাকী খোদোক থাথোক খুদিংদা থা ইয়াম য়াম্লদনা ইশাগী ইথৌ মশক খঙনা হোৎননগদবনি । কবিতা, নঙগী থনবদা ঐসু থাম্লিবনি । অদো, পুম্নমক মায় পাক্লনি হায়বে থাজবা লৈরবনি, নঙ ভোৎ মাঙইনবা য়াথা নত্তে খঙবরা ?

কবিতা — ঐগী ইমিং য়াওম্লিবরো নহোয় সমাজসিদা ? ঐদি মী মম্নক শা মম্নক ওইবা ফুইরেনা ।

বনিতা — অদুম্মা হায়নোমি নঙবো । নঙগী থুংঙাইদোবা মতম লাক-অনি । নঙগী থাকৎ তাঃবিগদোবা ওসি হয়েংতা ওায়ম্নবসিদা করিনো অমুক চোয়রোঙ পারোঙ লোল্লিহবে ? সে ( শেল পি, কবিতানা লৌশিল্লি) চামসিনা নঙগী করি করিনো লৈজো । ( কবিতা চংত্ত্র ) ইবুংঙো, মী তিনথৎনরক্তি ঙৈংসদা তোহৌবা য়াবা থরদি তৌহৌসি হন্দক শিখিবা কবিতাগী মচান্নুপ.হগীসু মমিং য়াওরমথিনি । মাদ নত্তে, খুম্না তোমাল, ইনে কমলিনি লোয়না মমিং কক্তিবনি ।

গোপেন — ইচে, লোয়না য়ানবা শিল্পনি কৈদৌরগে ? মাম্মা মরৈ মেত্ত য়েৎলকঅগা হেক্তা ফংগাইনম্নগা লোয়রে । সিগুম্বে থবকসিবু ঐখোয়তনা হৌদোকপরো ?

বনিতা — বা য়াম য়াম্মত্রিঙৈদা ঐগী থাদি ইবুংঙো কোক হেক্তা গোয়-খোকহৌবনা কৈ হায়সিদা লৈ ।

গোপেন — ওয়াংম্ন ইচে নহারোল থর হিদাক থকচিম্নরগা ফংনমাল্লে । মথা লৈকায মচাশিংনা হন্দক্তি কাহু কারন য়ারোই, ঐখোয়না কমা খিংগনি হায়রকপদৈ তৌরিমাল্লে ?

বনিতা — লৈবাকসে মহৌয়দৈ মওইরেনে । মহৌয়বু কনানো ? মরা তাশিনম্নবা সমাজগী অন্ধবিশ্বাস, অকনবনা অশোনবু লৈহৎপে শেমদোকপা য়াজবা চংনবী কয়াসী মহৌয়না ইম্নাই লাম্লনা হেক

শেমদোকপিরয়োনে। করিম্‌-সু শাজনবা কবিতাশি মচাম্‌পানা তাক্লিবা দশ-ম্‌ মহৌয়শ্ব তানিংদনা মুম হৌরিএ।

গোপেন — কিইরকইবনি:নে ইচে, .মহোয়না থরা থমকা তৌরকপদা কিম্‌না চেনগদৌবোই থনবা, অম্‌বনি। ঐখোয়মশিম্‌ মী থাদে কৈনো।'

বনিতা — য়ানম্‌দি ঐখোয়সু অঙম্বা তৌনি। ম্‌পী খো:রক্লে ঐম্‌ চোং:খোকনি।

গোপেন — অদুনি ইচে, মীশী মচেং চাকরবনিনা থবায় থরা য়াওনা হোংনদব য়াবরদো। ঐম্‌ ঐখোয় অভাংখৈদো, চহি শদবকা লোয়না মিং পানখংপদা য়ু:ংইনগ্রে। হোরেন থাবু থাদইরকদরা থরদে।

বনিতা — করিগী থাদইল্লক্লোই:দৌরিনো? তৌবতবু নচনমুপী অতোন-বীদো। চহি থরা য়াম্বা মায়ব ময়েক নাইবগা শেং:ল্লগা, কি-গা ইলহন্দনা খোরকইনগদবনি। মহোয়না মাগী চহি অম্‌কা তায়রি খঙপোংনত্তে। এখোয় তাম্‌মাতিদি মশা। থরা নোয় চাওবনিনা কনানম্‌ চহি ১৮ শত্রি থাজদে।

গোপেন — 'মুম হায়না কম্না হোংনননরদি ঐখোয় মীনা কাবদি য়াইদা।

বনিতা — অম্‌নি ইবু-ঙো, ঈশ্বর খুকমনো অমুক্তা হোংনদবা য়াম্বনি। খোঙবান চেনবা ঐখোয়না খুমাং চাওশিন্না হোংনত্রবদ। করম হায়না মহৈ-য়না মায় পাকপা ঙমদোরিনো? ( মতম্‌-সদা রতী লাকই )

গোপেন — অম্‌দি ইচে ঐ অমুক্তা চংঙখিগে।

বনিতা — হোয় হোয় ইবুংঙো।

রতী — ইচেম্বা ঐদি তন্দনা খোরকঅরোই হায়দমা তৌরম্বনি।

বনিতা — এ! করিগী? তৌদ্রু তৌদ্রু অদুম হায়নগা তৌজম্ব।

রতী — ঐখোয় অমা খাদরুরগবু করি কায়খিগদগেনে ইচেম্মা? মী খুংকন পাজনবশিংনা ফনবা মরাইনা শিজনি কৈনো? -

বনিতা — মতনা হায়রি বাদো লৌবা য়াবা বা নত্তে। ভোং অরেম্বদা মাঙইন য়াপোং নত্তে। স্বাইদা ভোং অমত্তা ফংদে হায়রদি ইনমবেম্বংগী মমাংদা ঐ শিবনা ফরেকো।

রতী — ইন্দক্তি খোঙবান চেনবা খরা মমুম দলান শাখিদৌবা য়াও-রেকো ইচেম্মা। শেল য়ায়া মিহৌরুবগী বা নত্তে ইবেম্মা ঐনা হায়বিসেকো। ময়াম তৌনি হায়বদি ঐখোয়মু খরদি ফংনিং-ঙিদনা। অতদি নত্তনা মহোয় খরনা চোম্নপ পায়শিল্লগা ঐখোয়বুনা অপঙবনি খমুনা হৌইংনা পুগে হায়ংদি হাকমল্লিদনা।

বনিতা — নত্তে নত্তবু ইন্দক করিমক্তংও ফংহৌরবা হায়মি? করিনো তা গোপালসিন তেঁজল রিসিবো! ঐনা হংবদদি ইবেম্মা লোয়না সিং নানখৈ রেন্দোকপ্লে হায়রিমিসে। চোম্নপ মফমসিদা লোয়না তানি করিমত্তা বারুম্বু কায়মু হায়রম্মিনে। ঐ থবায় য়াম্না হুংঙাই-রোইদৌরি সৈত্য।

রতী — ইবেশানা স্বাইগী মীশিংসিদা থাজবা থম্মীরিসিবু করিগীনো? মমা পোকতৈদৈ পৈশা অহুক য়াখদি উরক্তবনিনা ইন্দক মখুত্তা হেক শিন্নবম্বদদি ভাওরেনে। ঐখোয় পাও তারিপোংনি, মতুগী সনাগা লেপশিনবিরে হায়ম্লে।

বনিতা — ঐ লোয়না ভাব তারে ইবেম্মা, ইন্দক মত্তাংসে ইচেমী মায় খরা য়েংউ। ফত্তবশিংসিগা মান্নরুবা য়াবা নত্তে। অদো ঘনপ্রিয়া হোয়গী ইমুংদি থোরকনি হায়রৌরা?

রতী — মহোয় ইমুংস্থ কয়া থাজদে। করিবু কাম্নরুবদগে মহোয়দদি হায়ু হায়ু বাধা হায়ু হায়মুনি হায়হৌই।

বনিতা — মহোয়গী কংবা জনত্তা য়াওরম্মরোই অহনবি। ওসাইগী অমত্তনদি সুকয়েন য়েল্লমত্রবনিসা উপায়দি - লৈতে কয়দৌনি? প্রেমলতা হোয়গীদি কমদৌবা? খরা থাজ মানজত্রা?

রতী — এ: কদায়দৈনো কদায়দৈনো? মহোয়গী অমা সুকয়া য়ায়রোই। মহোয়গীদি অরেপ্পা অমা ঐলজপ্রপোৎনি। অদুক চিন সুংঙাইনবা ঙাংঙকপৈ বানি। নহাক্কী মিতিংছুদফাও মপামচা অদুক য়াম্না লৈবত্ৰ খোরকউ য়াগ্রিব্রা? ঐগী মঙন হন্দক মতাংসিদা লোয়না খঙনয়কও ইবেম্মা।

বনিতা — অহনি, অসোমদম নহারোলশিংঙুনা ঙাইহাক্কং দোবো দায়া তৌশিনরখি, য়েগ্রাং অহাওবা ঙাইহাক্কং চাথেংকপ য়ানবা। খরনা অমগীদম অমুক য়াওশিনরগী হং হায়দোকখিবদা অমগীদা- কন হেক চোংশিল্লুই। ঐখোয়দি ইনমবেম্মগী মায় য়েংবদৈ চেনবা য়াত্রবা অতগী তৌবেওনি। ঙাইবুংগোদো হন্দকা কাওদি খিবম করোই ইনমবেম্মগী মপামদৈ পুরকপা সনা-লুপা তুমখে। খন্দুনা য়েংউদো, অমুক অমুক লেপ্পসিদা কয়াগী মতিক চবা হায় বদো? হৌখিবা লেপ্পদুদনা লো খর লৈরম্মু চংপ্রমাগে।

রতী — অহনি ইচেম্ম', অকবা ঙাল্লিবনি হায়দনা তৌরিসি, মরাইবক লৈবা অমন' কং হেক মপা তুমখিবা, মপা তুমহৌদবা খরদি তুবং-জাংনিদো। ( মতমসিদা মদিরা লাকই )

বনিতা — হায় কগদৌরে? থাদরুরবো নঙবো?

মদিরা— ঐ ঈ কাহনা লাকইজাংনি। মীশিংসে অচুম্বা য়াম্না পায়মাল্লে। কয়া য়াম্না ধর্মরাজ ওইনিংঙিনো হায়দনা শাকৈনা লেং লেং অমুক্কুং হায়দংলাদ মতিক খঙগদৌনি। মহোয়না য়াম্না কবম্ম মত্তব মুপী লঙনবদা চেখর তারম্বা মহোয়না হৌজিক্তি য়াম্না টি লেম্বা

পাগৎস্রে.' ইবেম্মা য়ামলোই৷ লেংথোকপিয়সি বাসে খঙজকং
হায়নবদা ভাব মূলা তাশিন্নবা হোৎনসিদা, মুম হায়না
হায়রকইনে।

বনিতা — তৌবদা ঙায়নরিবৈদগী কারন তাকররুবা।

মদিরা — হৌবদা শাইরি ইংয়রিসে লোয়নহৌরে মপান্দগী চংখিবদি
১০./• ক:ওব য়েৌর:মাং। মঙুংদদি ৬০./• হেলহৌ-র থাদরখিসে।
কনাগী শিবা কুইরবা অবোক রজনী, হৌজিক মপোক অমা পো-
কুনা লৈশাবী কারমনি, মাগী ভোৎকা লোয়না থাদবীরমে।

রতি — হায়রিসিনদি ইবেম্মা, ভোৎ থাদরিবৈগী মঙুংদদি অশিব
কাসিনু ঙাইহাক্কংগী ওইনা হিংজ'হল্লবা জাৎলো? অশিলৈবাক্তে
ভোৎ অমুক্তা থাদরগে ইংয়গুনা ছুটি লৌহুন লাকই জাৎলো?
করিনো নকলী গ্রহসিদা ভোনরিবা ময়ামসিবো, ভাব মেম অমা
ইতা তাত্রে।

মদিরা—খঙত্রে ইন্দোমচা তৌরি মভৌসে। ঐশু কনা ঙমা থোকচরকপনি
অমুবুঁ চংঙ্খকান্দ'রি থাদগ্রে হেক্তা হায়। ঐ পিঙ হৈক লাওই।
কনানা ইহুৎ শিন্দনা থাদবিরিনো? মশক খঙবিগৌত্রা হায়রমু
মচু হংবগী দরকার থোইন' তাদে হায়দে'রকই। বাসে ইকক ইকক
কক্লা ঙাংলকই। অহৃদি ঐদি থাদদবদি য়াদে৷ অতোপ্প৷ অমগী মেং-
অ'গে হায়কবদনা হোরেন লোই শনরকপগীদুদা খরাগে হায়রকই।

বনিতা — ঐগা অমুক্তা চংঙ্খীস ঙায়থো। কনানো য়াম য়েৎলীবদো
মশক খঙদোকে।

মদিরা — নঙনা খৎনকরগ৷ কল কৈমু তারোইসে। ঙাইহাক্কং ঙায়-
খিগে অমুক চংঙ্খিনি ঐ ওসিগী থাদদনা ভোকওই। (গৌরাজ
য়োৌবকই)

বনিতা — ইবুংঙো গৌরাঙ্গ করিনো তৌনরিসিবো ? নহোয় নৈ হায়রবৈ করিমত্তা কাররেনা ।

গৌরাঙ্গ — ইচে কৈদৌরগে. করি তৌনবা য়াওরগে ?

বনিতা — বা হায়বু লোয়রে ইবুংঙো । ইচানুপীসে হরাও হরাও তোং থাদনি হায়দনা চংজরবগী থাদহল্লক্তে । মীনা থাদবিরম্মে হায়রে । অহ রবা অমগীদা নমজরম্মগে হায়বকাও য়ারক্তে হায়নে ।

গৌরাঙ্গ — হেরা অংগী ওইরে । ঐ ঙাংনগে য়ানিদা । ঐখোয় অঙাংখৈ অমত্তা চিথ নাম্বদথৈ থাদরম্মে হায় । মমা-মনী থরমু লাকই । মহোয়কাও থা দরম্মী হায়নে, কনা কনাগী মহৎ শিক্ষনা থাদরম্মীনো খঙদে । অহু অদ খঙদে ইচে. করিমত্তা খুংশা খিবি-হুদা, ঐখোয়রোম মায়কৈদগীদি য়াম্না নিংহিজনা চথহৌরি । হৌবদা ঙাইহিরিদৌদা ঐনা খঙবা কন য়াম থোক্করকই । মহোয়হ শোয়দনা ঐখোয়গী অনিংবগী মতুং ইন্না থাদরমগনি ।

বনিতা — ফরে অহদি ইবুংঙো ঐখোয় পুন্নপ অমুক্তা চংঙখিসি । ইচানুপীসিগী মুংঙাইত্রে, শিখিবা কনা কনাগী লেরিগে অমুক্তা য়েংঙগা থাদগম্নবা অমুক্তা তৌসি । ( ময়াম চংল্লে )

( কবিতা লাকই. মাম কালঞ্জয়সু য়োরক্লে )

কালঞ্জয় — হায় নঙদি থাদরুরবরা ? মী চিন্নক্তিদৌদা তোক হোক থাদদোকউরোদনা ।

কবিতা — থাদরুরে. শেল অপীবা মীগীদা মকম চানা হেক নম্বীরম্বা

কালঞ্জয় — মসিনা চাংহিসে মী তারম তোকঅরনি । থাদরুবদি চংলো চংলো । ( কবিতা চংখি গোপেন অমুক লাকই )

গোপেন — মাম তোং থাদবিরুরবরো ?

কালঞ্জয় থাদরুরে ইবুংঙো. ঙস্তানা তোক হেক লোয়খোকহৌবনা বায় শংঙি হায়ংনা খোরকইবনি ।

গোপেন — য়াম থুংঙাইজয়ে মাম। মামহোয় থুপীমচাশিংহুদি খোরক-খিরোইব্রা ?

কালজয় — খরা খেংনা খোরকনি। ঐদবু ঙন্তানা লোয়খোকউরগে হায়বৈ খোরকপনি। অদো ঈবুংঙো, হংকোকনগর কেন্দ্রশীদি মীখল য়ৈখোকপ্রবরনে ?

গোপেন — য়ৈখোকপ্রে মাম, কেন্দ্রদেং অমা শিগ্রিবহুদি।

কালজয় — চুম্মীনহে, কেন্দ্রদেংতু শিবগী পাও তাবদা গদাধরনা মমিং মমায় পুমপোম পোমথৈ কপ্পিহনা কৈদৌরিবা ?

গোপেন — খঙদেবো মাম, য়ৈক্লবা শিবদা তারক্লিবা গম্ভীর শি সিবু কমদৌবজাৎনো ঐসু খুম্না খঙদ্রি। চাইশন অমদা য়ারগা ফো-রেনসিক লেবোরেটরিদ থাজিন্দুনা এক্সপার্ট শিংদা কুপ্না য়েংহনবা দরকার ওই। (মতমসিদা 'মী হাৎলে' হায়না মখুংজোমদগী লাওরকপা তাই মহৌয় চংশিনখ্রে, মৈ মমখ্রে, মম্নিঙৈ মরক্তা পাও লাওখোরকই)

চিম্পাঙ্গিপুর উপু অখোংবীনা কংজবা প.ও মতুং ইমা ঙসিগী মীখল, মমাংদা অম্মুক্তা থোকখিজিবা মথংদা মায় পাক্লা, নিয়ম চুম্না, চাদা ১৬ কী চাংদা থাদ-দুনা পাংখোকখি খৎন-চৈনবগী পাও অমত্তা কঙদে। লৈবাক নিংথৌনা মায়পাক্লা মীখল পাংখোক-খিবদা মীয়াম্বু ঙমথৈ লৈতনা থাগৎখি।

———

# ১/৩

মফম — হায়গীদ্‌ মক        মতম — মুমিদাংবাইরম

( রতী অমদি বনিতা থোকমিররকই )

বনিতা—ঐদিনে ঙসিগীদো য়াম্না ঙেক্তা পেঙখিয়ে। নত্তে শন্দোংগ্গে ক্নর বিস্তরন সভা অমা তৌরগবু অহুম হায়না থুংদা নমদা শিনবা য়াত্রা হায়বা? মীশিংসে লিকমন লাকমল্লি।

রতী — মনা মখ্‌ম পিনবা অমুক হোংন, ময়ামগী অচা অথক লাংনবা অমুক হোংনা, মহোয়স্থু য়াবুদি য়াজররপোংনি।

বনিতা — অহ্‌ ওমনি হায়দনা মহোয়না তৌরুরি নত্তে!? অহ্‌ ওইরদি মায় তোঙনবা হোংনবা ভাবা। অমবু ওইরে অমবু ওইরে নহোয় মুপাগীদি কাংর, য়াজররকপে ফল থরা কংহল্লিবসি য়াম্না কয়বজাংর্নি। য়্যখিং মরুপনা অথন্না লিলা ইবা অমদা এবাদ পিররকপসি মী অতৈরম্থু য়াম্না থাগংনররকখিনি। নিশা খিংবগা মরি লৈনবা লাইরিক ঙমা কোংলুবগীরো মনা পিরকইসিবো ?

রতী — মানি ইচেম্মা। 'জগকী তাইবংদা বিনয়' কৌবা লিলা লাইরিক অমা কোংলুবগীনি।

বনিতা — অদুবু ইবেম্মা, ঙসিদি ঐ বা অমা হায়গে। নঙগী মুপাদি অনুমনা অহুম তোঙানবা তাইবং অমদা হিংহনা লৈঙনিদো। অহ্‌ নঙগী পুন্সিদি কমদোহৌবা তাই ? পুন্সি লোয়বা ফাওবা মাগী মতুং ইন্‌না, মাবু শৌগংহনা অহুম হিংখিবা তাত্রা নত্রগনা মতম লৈরিঙৌসিদা ... ... ...

রতী — কমদৌনি ইরাইবক থরা খিরখিনা অথুম হিংনবগী লানথোসে থেংনে থেনেনা চংপা তাবনি ইচেম্মা।

বনিতা — অস ! মতগী পাওখুমচু নত্তে ঐনা নতোন্দগী পাযদি। নঙনা মাবু কয়াম কুইনা শোগত্তনা থম্বা ভমখিদোরি ? মতমসি ফনা শাংনা বাখিদোরিদো ইবেম্মা। শনিগী দশা কয়া কুইনা লৈখিনি খঙলবরা ?

রত্তী — মতম মতমগী শোকঅবা অমা মরাইনা লাকচনিদা ইংেম্মা। শিক্রিফাওবদি অসুম লেনখিবা তারি।

বনিত — খুবাক কুরোন ছুখৈ হিংবসিরো নঙনা পামলিবসে। হৌজিকসে মহৌশাগা মান্নত্রবনি। মুংঙাইবা পান্নরকপা মীওই মশিং হেন্জংলক্রবনি। নঙস্থ মুংঙাইনা শেন্দান লম্বী খিবা তাবনি।

রত্তী — ঐগী লাইবক্তা মুংঙাইবু হায়বত্ত তগীরমদবনিনা ঐনা অমুক নৌহৌনা মুংঙাই য়াইক পাখগী মঙ মঙলুত্র ইংেম্ম ।

বনিতা — লাইবক হায়ববু করিনো ইবেম্মা ? নঙনা নপঙ পঙজরগা লাইবক্তা তায়নরি করিনো ? মুংঙাইনা পুন্সি লেপ্পবগী লম্বী য়াম্মা লৈরিনা। নঙদি নঙগী মুপ শিলাইবগা থান তৌমিন্নদনা লৈরগা হৌজিক ওইরিবা সমাজসিগী মশক খঙনবা হোৎনক্রে অহনবনি। নঙগী মুংঙাইবা কংনবগী লম্বী য়াম্মা লৈরি। ঐনা হায়রিবসে থাজোনে নঙবো। তৌবতবু নঙগী মুপাগা তোর্বান বাংমা বাংমদা লেপমিন্নরগা হিংবা তাই।

রত্তী — করি হায়বা ইচেম্মা ? ঐগী মুপাবু মতমসিদা থাদোক্লম্বা। সমাজনা করি হায়নগনি ? ইবুং - ইপানা ঐবু ওক্তবী , ভৌঙবীনি শোয়দনা হায়খিগনি। ঐ মদু ভমজরোই '

বনিতা — সমাজগী মিনোক কিবদগী নঙ নপুন্সিদো মুন্নেক অহাও থোক্তনা হীংবৈ মথোঙ খঙদনা অদুম হিংবসিনা হৈন্না পামজরবা। ফনা মুংঙাইদা নংগী বাসে। কান্নরোই , ঐনা হায়রিসি মুন্না

অবুক্তং থনখো। ঐনা নঙগী মাৰপুহল্লগা ্করি কারবা কংনি?
চহি্ মতাং চাদনা নঙনা বারিবা নংলিবা ঐদি খঙি। অদুগনি
ঐনা মহৈদে মুক্তি ফংনবৈ লম্বেল তারিবসে।

বৃন্তী — ইচেম্মা, ঐহাক্তি পুক্তিদা মীনাই য়োক্তিলং কোকনা অমদি
ইশাবু মমল পিহনা য়োক্লোকপদেদি বারবস্ত বানা হৌজিক
হিংক্তিবা পুক্তি মহেনসিনা হেন্না ফত্রা হায়না থল্লি।

বনিতা — মহৈদি তেত্র্যা দ্বাপুর যুগতা থনগদবা। ঘোর কলিসিদা
মহু বাথল অমনবা তরে। ভাব তাও, মীওইবনা হৌজিক
তারবিবসে পুক্তি ঙং ইনা হিংনবৈ সাধন অদুতনি। মহু ফংবা
ঙমত্রদি বাথল ল'য়না লাৎদৌরিবা। অদুদিদি অতুম মুংতাইফম
খ'দনা কেমত্রনি পুক্তিদো। কারদে, বা মথা রাম শাংথনরুঙমক্তি।
ঐনা ইশম শয়া হেক্তা হায়রিসিনি, নঙগী মুপাসি ঙক্লোরয়ো,
ঠিকাদার গোপেরা নঙবু লোগৈ হায়বা কুইরবনি। নঙ বাথল
মুরা তৌ।

বৃন্তী -- করি মুপানো অসিবো? মুপীশিংসিদা মানা য়েংলিবা মীংয়েংসে
করিনো? উশোব - বাংশাক ঙইনা হেক তৌরদনা। মীগী
মুপী ফজবা অমত্তা উ' য়াদবা মুপাসিবু করি মুপানো খঙদে।
সেকেন্দ হেন্দ নত্রদি মুপীসে অমত্তা পামজমারে।

বনিতা — নঙন' মীগী মরমতা নৈনবীয়ু হায়বা নত্তে। ফজববু পামদবা
কনা লৈগে? মরন পাযরবনীনা ফজ ফজবা লোগে হায়রীবনীনে।

বৃন্তী — অদু অতৈ কৈশাবীগা য়েংঙ্গ্যাত্রো অসিবো?

বনিতা — কৈশাবীনা মঙোন্দা করমইয়না য়াবিদৌরিদে? নংবু
পংজনে, খজিত্তা হায়রবদ, কান তানসি কৈদৌরগে?

রতী — ঐনা লেপথ্রিবা কিরেগসে অমুক হৌংলোকে খঙজে ইচেম্মা হিংনবগী লানকমসিদা লেঙ্গা লৈতনা লানথেংনবা-য়াওখিনি। কৈথেন্দা য়েনশাং-নাপী য়োনবা অমুক থোকঅগে থল্লে। ইন্দোন মালিকানা মাগী মতুং ইন্নকও হায়বা কুইন্নবনি।

বনিতা — এ! করি বানো হায়দোরকইদুদে। ঐদি মদু তাবদা খঙপ্রেকপু খঙজিনা। করি বানেগে হুদে? নঙগী চহি মতাংদুদে। অহম্না তৌদোরিবা? ঐ মহ য়েংবা ঙমজরোই। ঐনা য়াদে হায়রিসিনি।

রতী — মওন মওন য়েংথকপা তাবনি।

বনিতা — লৌয়নে মওন মওন য়েংঙো। নংগী লায়রু-চুংথনরবা, মতমগা চুনবা তরামাপনগুবা শতাব্দীগী হোকর জিলদ ইবহ হন্দোরকমনা, অনৌবা অমা অমুক চাং য়েংঙো হায়রিসিনে। শেল-থুমগী কিবম্না অশকপা কংনা ফংচিল্লকপদা ধর্মগী থৌরিনা নশাবু পুনশিন্দনা থম্বা মায়কঅরোইয়ে। চুংনবীগী পল লাপ্পোকপা ঙম্মোই। মা ঐ পারোল পুরোল পন্দুনা বাশকপ্রে, চুংইনজবী ওইদুনা অহম লৈরনি হায়বৈ বাথলহ থদোকও কৈদৌরগে। আইন কাওবা তাইহাক লৈতনা শেমদোক শেমজিন তৌবরিসিদি মতমগা চানরক্কমদা। নহোয় অনিগী পুপি লিপুন্দা মতমগা চানজে থদংনয়ো হায়রিসিনি।

রতী — খঙজে ইচেম্মা, মতমসিদা ঐনা করি ফিরেপ লৌগনি ঐ থমকম খঙলক্তে।

বনিতা — অহ অদাগা য়াঙ্গে, ঐনা হায়রিপি ইনবা হুকনা মাদে। নঙগী কনবগীদমক্তনি ঐনা হায়রি পুমমকসে। (মতমসিদা মচাহনী মদিরা লাকই, রূপা লমম্ন ইনকই)

মদিরা —'সিদা বারী শ ভুনা লৈরম্মেসে। 'সি মৌসিবু করিনো খঙদেমী। ভস্নুক য়ান্না ভাওখংলকইসিবো। হো ইবানিমক মতম অমত্তদা য়ুম পানমিয়রদি মীনা নোক শিরনিয়ে। ঐ হান্না অমুক্তা পানখিগে অহুগা নঙ কোন্না অমুক পা°হৌ।

মুপা — করিনো মুপীমচা, ইমাদবু অতুম হায়না মচোং মপাক এায়দনা হায়বা হৌনবরো?

মদিরা — হেক মুংশিরক্কবা হায়নিমা।

বনিতা - ভামো, কয়াম কুইরে লেংঙকপা? ঐ মাগা বারী শুম শাহুনা লৈথাকউরে। 'সি মুপীসে ভামো, য়াম্না বাজরে, ওস্তোকপা থবক ইখাং তৌদবা লিলা ইবা অমদা ময়ুম পাল্লবদৈ বাবনা মমৈ মকোক খইত্রে।

মুপা — ইঃহ, ওস্তোকপা লাইবকনিদা। হৌজিকসিদবু অহুগুম্বা অমাঙ অতোংগী অঙ্ক হোত্তবা লাইরিক ইবকাস্নু লৈরিবোরেকো। অতুদি মতম চারিতৈসিদা হোংদোক হোংজিলগী বা অমা খন্নবা চুম্মীদা।

বনিতা অতুগী মত্তাংদনি ভাংনরম্মীসে ভামো। কোন্না অমুক উন্নরসি ইবেম্মা, ঐখোয় চংব্রগে ভামোগা বা ভাংলদোবা খন্না লৈরে।

রতী — কনি ইচেম্মা ঐস্নু চংব্রগে (মহৈ মহৈ চৎনরে)! (কনিতা, গোপেন অমদি গৌরাঙ্গ জগোই শা, ঈশৈ শক থোরকই)

যেংলো লাওনে শকহৈনবা
শেংলবা লমদম চিম্পাক্লিপুর
ফজবা, শুমহৎপা মুংশিবা
অহুম্না পুন্দনা লৈরেনে।
ফজবা উশাদা কোকিলনা তোংহুন্না
পনচম স্নুরদা মুংশিনা খোংলম্বা তোকুম্না

পাইখরে মহাসাগর লান্না।
ভন্দবা কাক্লা ইনুং ঙাল্লকপদা
তাইবংজীব য়াকায়নবা খোংলম্বা লেপশ্লে
কিরবরা খঙদে শাদানবৈ পোক্লাওবী।
কুংলবা য়ুম্লক্তা খোংজুনা ওক - য়েন্না
পা´টি য়াওরুবৈ তুমশিং কাত্রিবা
মতমগী ফম্নাইববু হৌগৎলো হৌদোক্লি।
শরৎকী থাজস্থু হাংলবা অতিয়াদা
মদোম ইংবা খোকচবদো ইকায়রমাল্লে
ওক্লা মম্লবা লৈচিন্না কুপশিনবিশ্বে।
মহাকথক্তী হৃ চাগে খৌরাংখিবা
অতুঙৈগী মুজাদো ওইরে ঙসিদি
অঙাং তন্নাগী মমা কোকচাওবী ;
হিংবগী লম্বীনা অস্থুম ককশিল্লক
কান্নরয়োই খল্লমাল্লে হন্দোক্লম্লে অরিবা মপুরোইবা
অনৌবা মুপাদা চঙজফম নিক্লরে।

গোপেন — ইচে, জগোই ঈশৈসি কোন্না অমুক ঔরাইরসি। হিদাকতু হান্না লৈখোকপিরুয়ো।

কবিতা — পুরকঅমত্তো ?

গোপেন — পুরকঅম্মনিদা, অস্থুক থেংঙসিবো (কবিতা চৎখি)

গৌরাঙ্গ — তাঙ্গোনবু ঙসিদি ননাও কবি সনমেলনগী ভাবোক ওইজরুই।

গোপেন — হা ! ইনাওতোন কবি ওন্দোরবা ? কবি লুপতা মিংচল্লগে হায়রবা।

গৌরাঙ্গ — মতমসিদা কবিশিংসিনা করি করি খল্লিগে হাযফেৎ খঙদোক-পনিদা। মহৌয়না হায়নহৌববু কবি প্লাম্নিং তৌরনি হায়নে।

গোপেন — ও, অঙাং মশিং হেনগৎতনবা ফেমিলি প্লান্নিং তৌবদৌনা কবি মশিং য়াম্মক্তনবা কবি প্লাম্নিং' তৌদৌরবা ? কবি মশিং য়ামখৎলকঅগা করি তৌএ হায়গে ?

গৌরাঙ্গ — রাজধানীদৈ মনা মথ্রুম য়েম্থোরকপদা মশিং য়াম্মদি য়াম্না কম্না মুন্নরকদৌরি, পৈশা লিকোন তিংনখৈ মনা লৈনরকদৌরি। মচু থোক্সনবা কবি প্লান্নিং, তৌহৌদবা য়াদে হায়নবীনে।

গোপেন — করে, ঐস্থু ঙসি অনাবা অমগীদা চৎলুবগী ব। তমুক তমগে।

গৌরাঙ্গ — হায়বিয়ু তাতোনবু।

গোপেন — ডাক্তর খানাদা অরাবহু ওপরেসন তৌবা তারে। মংদা, ময়ুমগী মীদা হৌজিক ডাক্তরশিংছুনা পুরকউ হায়রিবা পোৎশক-শিংছু কনা য়াম্মীবো।

গৌরাঙ্গ — করি কবি পুরকউ হায়গে তাতোন ?

গোপেন — চুম্নগী হিদাক - লাংথক, ঘেন্দেজনচিংবা খরা লৈবদৈ হেন্না সর্জিকেল ইনস্ট্রুমেন্টশিং কাওবা মশানা পুক্তরকদবর্মি হায়নে। ইলেক্ট্রিক চার্জ পিরমগদবনি, ঈশিংগী তেক্স থিরমগদবনি। ডাক্তরগী মশাগী যনগাড়ী কৈজরবস্থু মনাবগী ইমুংনা ডাক্তরখানা কাওবা লাকপৈ থিন্দোক থিনজিন যনগাডী অমা বায়রগা তৌরমগদবনি হায়হৌই। মতনস্থু লোয়বা নত্রি, থিকম থোক্লবা মরু ওইশ্রবা ফী - চুস্থু খরা হেন্না থিংম্নিংই হায়হৌবনি।

গৌরাঙ্গ — গ্রহসিবু ময়ি চৎলমদাইগীরা, মসিদা লৈরিবা জীবশিংসিনা মওং কায়বা থবক তাক্তা তৌরকইসিবো ?

গোপেন — মহৌশাগী মওং কায়রকপদা বাদৌরিসি কন নো ? পান চুকান মনাক্তা উখোং ওইরুবা ঐখোয় নত্রো অনংশা তাদৌরী-

শিবো ? মরন লৈবা মীনা 'কা চারগা ঐখোয়না শকুন্তলী লৈশিনবিরমগদবা। কনানা ঐখোয়দা পল্লিবা শুদ্ধ লৈখোক-শিরদগে ? মখৌ চিল্লবা তুকান কপ্পতুনা লৈখোকপিগদরো ? বাখল মুম্না খক্কনবা য়াত্রবা মগুল্লি ইনাওতোন হৌজিকসে। ( মাম কালজয় লাইনিংবা মাম্না লাকই )

কালজয় — ইবুংঙো নগোয় কিদৌরম্মিবা ? ঐদি ওদ্বোক্না হৈনদবা থবক অমা তৌরেনহে।

গোপেন — মাম 'খোয় ওসিপি পার্টি মচা অমা তৌসিন্না হায়নবদে ইচে কবিতা খন্না কৌহনবা থাদ্ধি। মামদি ফিজোল অনৌবগা হোংদুনা চন্দান চবাও করিও তৌবিরিসিবু করিনো ?

কালজয় — হেরা ইবুংঙো, ঐসু তৌনিংদুনা তৌগা নত্তেসে. ইমান্নবা অমনা কম্না ইনশিল্লকপদে তৌরিবনে। মথন্তা ফিবা খুংঙাংত্রে, লাইসি ঐসু য়াওনা নিংঙসি হায়দনা হৌরকপদে তৌরিবনিনে। মসিগী মুঙাইব' অমদি লৈ:য়। ইচা ইওনা নুবা তৌরি, ইপাসে ইপুবোকসে ভক্তি মার্গদা চঙশিল্লবনি হায়বৈ বাখলসিদা সেবা লাংবাগাঁ য়ায়া' নিংথিজনা তৌরি, অতুগী হায়করদি হুংচাইবা। হৈনদবৈ জ,থতি ইবুংঙো করি হংঙ্রনি ?

গৌরাজ — অতুদি লাইনিংবসি মামগী'দ পার্মেনেন্ট তাদৌরেনে।

কালজয় — তম্বা ওম্পোংনত্তেনহে। তাব মেন অমা তাপোংনত্রি হৌজিককাওবা। মহৌশাদগী ঐদি থুগী অঙাং খন্না পংথি থিতুনতা ম্যাকপনিদো, করি হায়ংগে ? ইমান্নবচুম্বু মহৌশা 'ঐগা' জলধর-নগরদা কম্না ঙাওমিন্নরম্মী পোংনিদা। ঐখোয়নি থুগীদি ওথাক্না কোয়রম্মীপোখনি।

গোপেন — মামগী ইমেবেম্মপি পুন্নপা কয়ানো ?

কালজয় — মরীনি। হৌজিক জোত্মান তোভান লোয়না লৈনখি। অকোনবগী ননে সিদি মৌ ওইনা লৌবনি। ইমায়বা অমগী চুপীনি। মশা ল্যায়না অমা লৈরবদে ইমায়বদু তোক্ দ্রেক্ শিদোকপ্রে। উপায় লৈত্রবনিনা চুপীঙুস্ অমী ইতুং অছুম ইল্লকঅবা। অতৈদি লাইরিং হিদাকচুবু যামঙু পেগ অমত্তদি কংথিগেদনা। করাম কুইনা ঙায়খিদৌরিনো?

গোপেন — কুইরব্রোই যাম পুরকখনি। ঙাইহাকুং বারী শানা শ্যানা ঙাইরসি।

কালজয় — (খোংনাংদা 'মকমসিদা নিশা চা থকপা য়াদে' থেৎপছু উরগা) খোংনাংদা থেৎলিবসিনা করিনো? 'সিবু চৎন য়ারনি হায়ব্রো?

গৌরাজ — চহি য়াম্মশিরকবা খোংনাং পাম্বীসে মথন্তা অমম থোক্লবসে কজরক্তে কিজেৎ লৈজে খরা শেংচিনবিসি খল্লনা য়ুথিং মরুপনা তৌরম্মী ওইরিনি।

কালজয় — নত্তে নহোয় হিদাকসিবু মীদি কংবা বানরে হায়। কদায়দেনো নহোয়না লৌকচো থারিসিবো?

গোপেন — য়াম মকম লৈ হায়বানি। কিজং মরুমদা ভাইবংগী অনৌবা লিলা করী শামরি, মামঙু খঙজিনবিয়ু।

কালজয় — হোয়নে অছুবু'দ, ঐস্ লিলাচুদা অহল ইওই ওইনা কুম্মী- সিনি। (মৈ মমথদ্রে, শোরেল অপূবী, পুণু খোংনাংদা ঙায়হৌরে। অশিকপা মতাংগী চবুন অমনা অপূবী চকুপা য়ৈহল্লগা)

অপূবী — কল্লিনো উল্লিবা ভাল্লিবা কয়াসিবো! অঙ্গুম্মা চৎনরমরো সমাজসিদা? য়োক্সরিংগ্রে ভাইবংগী লিল্লা, ঔশিং ইচাও নঙতা ল্যাক্লোগবা ইরাক্লনা শিল্লরগে।

ইশ্টৈরজেন

